# ইমাগী পাওমেল

## ( GOOD THOUGHT )

নমজিং যাথল নাচোম )

১



ইজবা :—

শ্রীনীলবীর সিংহ-জ্যোতিষাচার্য্য

উরিপোক হুইদ্রোম লৈকাই ।

*Translated into English by* :—

**N. Tombi Singh**, M. A.

ফোংজবা :-

শ্রীকৈশাম গৌরচন্দ্র সিংহ-সেক্রেটারি

মণিপুর কলচরেল স্কুল ।

মমল লুপা ১.০০

# ৱাহৌদোক

মীনা মী অমদগী পাউতাক তাবসি পাম্নদে। অদুবু মীনা পামগনি পাম্মোই খনবা লৈতনা মী খুদিংমক মীওোন্দা পাউতাক পীবা পাম্মী। খুদোং থীবনা খল্লবা মাঙ তুং অনীমকতা অমম্বতা ওইরবা তাইবঙপানবা অসিদা থবক তৌরমদাইগী মতমদা মী অমগী মশানা খঞ্জবা রাখলগী থক্তা অতোপ্পা মী অমগী পাউতাক লৌত্রবমকসু তাবা ফাও দি য়াম্না কান্নবা পোৎনি হায়না খল্লি। ইমাগী পাউমেল্ল হায়নবা লাইরিক মচা অসি পুনশীগী খুদোং থীবা খুদিংদা পাকপা রাখল মচ মচা মযাম্না শেম্বা রাখলগী নাচোম অমানা মী পুম্নমক পুনশীগী মীৎযেং মান্নদে। অদুবু পুনশীদা তরু নুঙাই এখল মথেল নাইন ফংবা মতমদা রাখলগা মান্নবা উবা লৈতে। মী অমনা খনবা নত্রগা ইশানা মতম অমদ খল্লবা, ইদুনা মখদা রাখল অদু নিংশিংলগা পুনশীগী অনৌবা খোঙথাংদ পাঙ্গল লৌশিং ফংই। রাখল অসিদগী ইমাগী পাওমেল্ল হাযবা লাইরিক মচা অসি ফোঙদোক্নুনা অপাবা মী মঙা তরাতগী ওইববসু পুক্নিঙগী মচাক ওইননবা হোৎনজবনি। অশিংবা শাদুনা ইজরিবা ঐনা মী অতৈদা পাউতাক পীবগী রাখল মরীক অমতা লৈজদে। মী খুদিংমক অশিংবা ঙাক্নি—অপংবা ঙাক্নি—মতম অমসুং মকমগী মতুং ইন্না

তোঙান তোঙানবা পুক্নিংগী ফিভম লাকই। লাইরিক অসিবু মিৎয়েং অসিদা য়েংবীগুনা পাবীরবদি য়াম্না নুঙাইজগনি। মণিপুরী লোন খণ্ডদবশিংনা পাবা নুঙাইনবগীদমকতা ইংরেজী লোন্দম্ম হন্দোকচরি। মসিগী কান্নবা ফংগনি হায়না আশা তৌজরি।

লাইরিক ইবা—

# ইমাগী পাওমেল



নুংশীববা নাওরাও রানা, ফংলকলবা মপোকনি ,
তইবং মীপোক অখাইবা, কাখৎসি নুংডাইবা অরাংবা ,
লাইগী মপোক যৌনবা, নহা ওইরিঙৈ মতমদা ,
মহৈ জ্ঞানবু তান্দ্রগা, লাইবক্তা খুত্নুম্না শুত্নুনা ,
অরাবা মৈচাক খাংলনি, অরাবা নবক্কী লা যামদা ,
মথং মথং থুত্নুনা, ফত্তবা লম্বীদা লাক্কনি ,
অরাবা অতোনবা মপোক্তা, মূর্ত্তি মশক ওনখিনি ,
কাউগনুবো নাওরাও ।

Dear Child it is a hard earned life
From this precious human birth, let us rise
To the blissful height of divinity while we are young
If you donot acquire the wealth of knowledge
You will strike your forehead in despair
You shall degrade yourself to the lowest birth
Donot forget, dear child.

২

ইশা ঐসি কনানো, কদাইদগী লাকলিবা ;
কনানবু থারকলি, করিতৌবা লাকলিবা ,
পুক্নিং তানা খনগনি ।

Who am I whence I come
Who sent me with what purpose
Give serious thought

৩

অতনবা মীগী মশাদি, পাপকী থৌরিনা পুনবনা ,
অরাবা লম্বী কংগনি, অতনবা যেক্ষবা মহাকপু ;
মঙ্ ফাওবা নিংহৈদে ।

An idle man is bound with ropes of sin
He takes to the path of hell, donot think of idleness
Even in dreams.

8

ফত্তে খংলবা মরমদা, হৌনবী ওইনা চৎপদি ,
মতোমদা আত্মাঘাত তৌবনি ।

Sticking to confirmed evils is to commit suicide

৫

মহৈ কল্লা তমগনি, অফবা থবক্তা চংগনি ,
তৌনিংজবা মীশিংনা, তাইবংদা লৈবা পামফদে ।

Knowledge and good action we must strive for
Those who do not like them have no right to be
in this world.

৬

মমা মপানা ভাংবদা, মুন্না ভাব্রবা অঙাংনা ;
মৈগী দোলাই তোংবদি, মহৌশাগী মথৌনি।

Disobedient children usually ride the chariot
of fire

৭

শাওগনবা মীগী মশাদি, মাযাগী অন্নাবা মৈরক্তা,
চংউহ্ননা চাকল্লি, শাউগনবা হু মহাকপু,
জ্ঞানগী মৈনা থাগনি।

High tempered man are burnt in the fire of grief
Knowledge must dispel bad temper.

৮

অকবা থবক তৌব্রবা, অরেপ্পদা লৈবা মীশিংদ্রি,
সমাজদা অন্নাবা পিবনা, নরক তাবা হৌরেদো।

Men doing nothing worth while handicap society
They begin to rehearse for hell.

৯

অক কন্ন খংদনা, ন্নাযাম ভাংলবা মীশিংনা ;
খোংথাং থুদিং চংপদা, তিংখং ভাক্তা মওইরে।

If you speak without discrimination
The way ahead is full of thorns.

১০

ওইদবা ঙাংবা মীশিংনা, মতোমদা শম্বল খাহ্না ;
খাম্বি মৈশা লাংবদি, মযাম্না কলক পেম্নদে ।
A liar lives within the walls of his lies
And gets burnt within with nobody to sympathize.

১১

ঠিরা খুদিং নবদি, হুবু পামনা লৌবনী ,
মৃত্যু মকম যৌনবা, মমনা লম্বী চৎপনি ।
To run after everything is to be poisoned
And to grope in the dark is quest of death

১২

পুরিংনা পংখন খনববু, চিন্না পংথায হাযকদে ;
অশোই অভাম যাওরগা, লাইবক থীবা নংগনি ।
Speak not all that is comtemplated within
There is danger awaiting your mistake.

১৩

ইশাগী ভাগ্যদি ইশানা তৌ, লাইদা ইস্নোকপা তৌকদে ,
লাইনা তৌবিনি হাযরমদে ।
Shape your own fate, leave nothing to God
God did not like otherwise.

Ungrateful people are lower than
Thick skinned animals.

১৯

জ্ঞান লৈবা মীশিংনা জ্ঞান লৈতবা মীশিংগী,
মূর্ত্তি মশক উরবা, লাইগী মশক অমনি।
A wise man is a visible God for the ignorant

২০

লাইবক য়েংবা থবক্তি, অকা অকুম নাইবনা;
কুম্বা য়াদবা থবক্তা, লাইবক য়েংবা হোনদে।
Lottery has rise and fall as its aims
No lottery in things which donot have descending steps,

২১

হকচাং ফবা চিঞ্জাকপু; অহাওবা চিঞ্জাক কৌথোকসি,
হকচাং ফত্তবা চিঞ্জাকতি, হদা চিনি তৈবনি।
Tasty food is that which is conducive to health
Unhealthy food is sugar coated poison

২২

মশক ফজবা হায়বসি, পুকচেল ফজবরু কৌথোকসি,
ধর্ম্ম কাইদবা মহাকতো, লাইগী মশক অমনি।
Beauty is another name for a good heart
The virtuous represent God

২৩

রাখল লোইদবা থবক্তা, খুৎথাবা থক তৌকদে ;
কল খংজ্রিবা থবকপু, অফবনি হাযকদে ।
Let no hand on the undecided deed
Unfinished job is no good

২৪

নাপল তৌবা মীবুদি মীনা নুংশিবা মরৈরক্রে
মীনুংশি লৈতবা মীবুসু, মীনা নুংশিবা রাৎলিদো ।
Pride repels love
Cruelty repels sympathy

২৫

সজনা মীবু শংজনলি, মচুফবা শংলবা ,
অফবা শঙ্গ তিনগনি ।
Company speaks of one's colour
Keep good company to brighten your colour

২৬

মীবু পাংদে হায়হুনা, থৌওইদবা তৌকদে ;
পাংদবনা শাওরগা, মথৈ পন্দোম লোমগল্লি ।
Have respect even for the coward
The coward aroused is the bravest.

২৭

ময়ম লৈতনা মীয়ুমদা, পংকোক্লই কোটবা হৌনদে ;
হয়ান চিন্থি তৌগ্রগা, অরাবা অচোম্না মকংই ।

Donot visit the neighbour without purpose
You will some day be the scape goat

২৮

মী মতৌ শাজংতি, জ্ঞানগী মওংনা ওইবনা,
অফবা শাজং তানবা, অফবা জ্ঞানবু তানগনি।

Behaviour is the outcome of knowledge
Acquire knowledge productive of good
behaviour

২৯

থবক তৌদা লুচিংবা, ফবগনি মাইপাকপা,
ফত্রগনা মাইথিবা, মতৌশাগনি চন্দুনা,
পুক্নিংদা চিংনবা থমফরোই।

Have no doubt of the truth that success and failure depend on leadership

৩০

ঙাইহাক্কংদা নুংঙাইবা, পুন্সি চুপ্পা অনুতাপ,
নৈগদবা থবক চংফদে, থম্মোইগী লাইনা পোক্কনি।

Donot do anything that may give you
A moment's pleasure and a lifelong hell

৩১

মীনা নুংশিনবদি, পুক্নিং তিন্নবা যাবনি,
পুক্নিং তিন্নবা মশেনদি, মিচং অমত্তা মওইরে।

Love is the union of minds
United minds form a company

৩২

হকচাংগী মওং খোরকপা, চাবদগীস্থ ওইবনা ;
অকবা মওং ওইনবা, অকবা য়েংহ্না চাগনি।
Diet is a factor of our physival aspect
Take good diet to look beautiful.

৩৩

থম্মোই শেংবা মীশিংদি, লাইগী মশক অমনি ;
মতমনা অকাল ওইরবস্থ, পুক্নিং য়ৌনা ৱাকদে।
The virtuous are godly
They have peace of mind even in bad times

৩৪

লাইদা কৎপদা হেক্সিনবা, মমৈদা ফল মাংগনি,
নিংবা থুংকাত্তনা কৎলগা, হেন্না ফল ফংগনি।
An overdose of offering to God spoils the purpose
Humble offerings lead good results.

৩৫

গঞ্জা কানি য়ুনে, জুয়ার বেশ্যা অনিনে
পঞ্চ বজ্রনি কাওকদে।
Ganja, opium, gambling wine and woman are five thunders.

৩৬

থম্মোই শেংনা চৎলগা, থৌনা কবা ওইবনি,
থম্মোই শেংবা মীশিংনা, থরাইবুস্থ পাম্মুদে।

The pure in heart are couregeous
Life is a toy in their hand.

৩৭

মিৎনা উবা পোৎশকী, থৌওং মতুং ইন্দুনা,
পুক্লিং মানা ওনবনা, কত্তবা পোৎপু য়েংকদে।

The mind obeys the dictate of the eyes
See no evils to avoid an evil mind

৩৮

তাইবং মীগী পুন্সিদা, অরাংবা লম্বি কাবদা ;
পাপকী কোচিনা লৌবু, জ্ঞনগী থাংনা ককনি।

If on the way to heaven, sin handicaps you
Cut the sin with the sword of knowledge

৩৯

জগত্তা মান্নবা লৈতেদো, পোৎ অনি গুদেদো ;
মওং অনি মান্নদবনা, মগুণস্থ অনি মান্নদে।

No two things are exactly alike
Different forms in things indicate different
qualities.

৪০

মিং হায়বা অসিদি, পোংকী মওা অমনি,
পণ্ডিত ওইবা মীশিংনা, মমিং মিংদা তাবদা
ওথাক মরিগ মথংনৈ।

A name is an indication of one's quality
The wise judge another man's merit by his name

৪১

খংদনা অখং শারবা, রাঙাংদা অয়েগ্না লৈতবা,
অঙাওবনি নিংহুনা, মগক কাওবা য়েংকদে।

The selfestyled wiseman and the man of no words
Are like mad men and deserve no respect

৪২

অতনবগী হৌরকপা, পুক্নিং চাদবদগিনি,
থৈদোক থৈজিন তৌহুনা, অতনবা মৈরু মুংকনি।

Idleness comes from lack of attention
Remove idleness by all means

৪৩

জ্ঞান থুনা যাংশম্নি, পুন্সিনা হান্দোকখিগনি,
অয়েখা থবক তৌহুনা, পুন্সি মতম মাংবদি,
পংবদা মপাঃ কাবনি, ঈশ্বরনসু নুংশিরোই।

Speed up the acquisition of knowledge, life is
ebbing fast
Wasting life for nothing is a solid ignorance
God's symathy does not lie that way.

88

থৌরম অমা তৌরমদাই, মুন্না খল্লগা তৌগনি ,
হৌঅরবগী থবক্তি পংথন থনবা হৌনদে ।

Think before you start doing some thing.
Once started plunge headlong

8৫

খিনা হায়রগম্সু মচংপা, ক্না হায়রগম্সু চংকদবা ;
অহ্নবা থবক্তি, অশাওবা হঙ্গম তৌদুনা ,
ক্না হায়রগা চংহননি, থবক্তা অকাইবা লাকনি ।

If you are to choose between the harsh
and the mild
Choose the mild and add to your ıfficiency

8৬

তাম্নবা ওইনা থৌদাবা, পুক্কিং চংবা হেনবনি ,
থৌরম কয়া পাংলমদাই, বুদ্ধি মৈয়া পাইগনি ।

Order by way of consultation
The order is reached with attention

৪৭

পাপকী লাইথুং চেন্দুনা, অকবা মবমবু থৌওইদে ,
তুকক তুকাই চেন্দুনা, পুন্সি লম্থি চৎপদি ;
কনানম্ম থৌদাদে. জ্ঞানগী থাংশাং পাইখৎলো ।
লৌশিং মৈরা চুখৎলা, নত্ত ফাওবা খোংহল্লো ।

Suffering from sins, idling away time and energy
You are living a worthless life and nobody likes you
To do so take up the sword of wisdom and
Light the torch of knowledge, make every part of
Your body active and ready

৪৮

পুন্সি তুরেন ইচেল্লা, মিকুপ পুংজা নাইদনা ,
চেম্থিরিবসি কাওফদে, মিকুপ অমা পনবিদে ,
অরেম্বা থবক তৌহনা, মতম পুংজা মাংবদি ,
অপংবা মথোক কাবনি ।

The current of life flows without stop
Wasting time in doing things worthless is growing into foolishness.

৪৯

লান্দনা কিবা হৌনদে, কিশম থোক্রবা মফমদা ,
মিপাইদ্রনা রাবদি, পংমনবগী খুদমনি ,
ঈশ্বরনম্ম নুংশিরোই ।

No fault no fear, fearing what should not be
Feared is a sign of foolishness and is against
divine will

৫০

রাদনা মুংঙাইবা হৌনদে, বাদনা মুংঙাইগে তাল্লবা ;
কত্তবা পুক্নিং পোকনি, মঙ্ কাওবা নিংকদে।

No pains no gains if you like to be
Prosperous without labour your mind will be
polluted.

৫১

তাইবং জীবন অতাংবা, ওচ্না তৌহনা মাংগল্লি,
কান্ন চারিঙৈ মতমদা, লম্বি খোংকম শেমগনি।

Invaluable life of man is usually wasted
We must work hard while there is opportunity.

৫২

রাখলদি পংখল খল্লগা, ফলদি শূন্য ওইরবা ;
অঙাওবগী খুদমনি।

Thinking to no effect is a sign of madness.

৫৩

খংই হৈ হায়গ্নমস্ত, তৌবু তৌথোক্তবদি ;
খংদবা হৈতবগা অম্মানি।

What is the use of knowledge
Unless practised knowledge unused is equal
to ignorance.

৫৪

অনাবা হংবা চৎপদা, মাইবা শাবা হৌনদে,
মীনা তৌরম্বা থবক্তা, খংচং চংদ্রুন ঙেংকদে।

When going to a sick man for a courtesy call
Play not the doctor, Interfrence with others
Affairs is disliked everywhere.

৫৫

বিদ্যা হৈরে হায়হ্না, চাওখোকপা খক তৌফদে,
খংদবা মাইকৈ লাকপদা, ইবাকনবা নংগনি।

One should not be proud of one's learning
There is an ocean of ignorance in the
neighbourhood of learning

৫৬

পুকচেল চাওবা মীশিংনা থরাইবু নাপীদোনা মখল্লি,
পুকচেল পিকপা মীশিংনা থরাইবু শ্রজিংদোনা মখল্লি।

To the noble hearted life is a blade of grass,
to the
Selfish it is the Himalayas

৫৭

কাম্নবা অকবা রাহৈবু, তোইনা তাবা ফংদবনা,
অকবা জ্ঞান হৈবা মীশিংবু, উম্নবা ফংবদি ভাগ্যনি।

As words of wisdom are rarely found
It is a previlege to meet the virtuous.

৫৮

মীরমশেনদস্থু রারবা, লাইরমশেনদস্থু কিরবা ;
অহুগুম্বা মৈচাকতি, বৈষ্ণবতনা মুৎকনি।

The Vaisnaba alone can put an end to the flame of sin which blocks the soul in its endevour to find peace in the world and the world beyond.

৫৯

শংশারগী অরাবা নুংঙাইবা, ইশাদা থোকলবা পুম্নমক,
মাংদা নিংথিনা থমলগা, মোমোন মোমোন নোক্তুনা ;
নিংথিনা অহুম শীনগনি, খক্ চংনবা তৌফদে।

Place all the pleasures and worries of the world that come to you before you and strike a balance between them without fear.

৬০

বিদ্বা লৈতবা অপংবা, সভা মীযাম তীনবদা ;
রাঙাংক্রিমখৈ মফজৈ, ঙাংলগা মগুণ মমাই।

The ignorant are discovered by their speech

৬১

অফবা মীগী মফমদা, নিংথৌ মনাই লাকপদি,
করম্বা ভাগ্য'না হরাওই, ফত্তবা মীগী মকমদা,
নিংথৌ মনাই লাকপদি, করম্বা-অরাবনো মথল্লি,
লৈশ্মে চাকপদা নংউবা, শা শন মখৈনা,
নোংজাবী উবদা থগৎপঞ্জম, মিপাইবদি মহৌশানি।

To the good, the kings' massenger is a fortune while to the wicked the king's massenger is a sign of danger For it is natural for a crow which has seen a wild fire to fear the crimson cloud.

৬২

হৈশা ফগে হাযরবদি, নাকল অমত্তা চংলগা ;
ওইবা য়াদে অকবা, বিদ্যা নিংথিনা হৈরবস্থ ,
হকচাং ফজ্রবদি কান্নদে, হকচাং নিংথিনা ফরগা ,
বিদ্যা হৈত্রবস্থ ফত্তেদো ।

Health without learning and vice versa should be decried

৬৩

জীববু নুংশিবা থংদবা, অহুগুম্বা মীশিংনা ,
ধর্ম্ম লৈবা ওইকরোই ।

Virtue is not for him who does not love the creatures

৬৪

পোকলমদনা তুমিন্না, শিবা তাবা তৌহৈদে ,
লৈহৌবা মাগী মমাংদা, ফগা ইকাইবা মওংনি ;

Having come to this world it is a matter of Shame to have to die without achieving something worth while

৬৫

অহিং অমম্বা চৎপদা, তমনবা লাই কিহ্না,
লিম্না চিংববুদি কাওথোকপা, অপংবগী খুদমদি।

It is mere foolishness to forget the poisonous Snakes while fearing the ghosts.

৬৬

অফবা ওইনিংবা মীশিংনা, ফত্তবা পুমথা থাগনি,
অফবতা লৌগনি, জ্ঞাননা মৈরা ওইহ্ননা,
ভাগ্যদেব বার্জোন তৌ, থুনা যাংনা লাকনি।

Those who aspire to be good should avoid evil things and do good things alone. Follow the torch of wisdom and circle the God of Fortune who will come soon.

৬৭

শক্কী কৈথেল কাফদে, জ্ঞানগী কৈথেন কাগনি,
পাত্র চাদবদা পোৎ হাপ্পা, নরক তানিংঙাই লম্বীনি।

Have no trade in outward glamour, deal in wisdom
Giving to the undeserving is a way to hell.

৬৮

নোংনা অতিযা কুপখিবা, নুমিৎ মশক উদবা;
দুর্দিন নত্তে নুমিত্তো, নোংমগী নুমিৎ মনুংদা;
অফবা থবক তৌব্রবা, নুমিৎ অক্ক দুর্দিন্নি।

If the sun is covered with clouds it is no misfortune to the sun, but a day spent without doing something good is a misfortune for you

৬৯

জীবন্ নুংশিবা থংলবা, মশাদোৌনা নিংলবা ;
অরুপ্পবা মহাক্তি, মরুপ রাংফম লৈতরে।

There is no dearth of friends for the man who loves.

৭০

লমচৎ কত্তনবু চৎলবদি. ইশাদা অরাবা পীবনি,
অফ কত্ত মীশক্তি, মশাদনা মুন্না থংহৈদে।।

Bad conduct is causing worries for the self which knows what is good and what is not

৭১

মীনা আয় ব্যয় খংলগা, হেন্দোকপা থবক তৌবদি ,
অপংবনা পুবা রাখলগা, অশিংবনা পুবা রাখলগা ;
ওহ্নোকনা থীনা খেন্নৈদে।

Spending beyond one's means is a source of laughter to others.

৭২

পুক্নিংগী মতুং ইন্দুনা, থবক্না তৌথোরকপনা ,
থবক মওং উবদা, মাগী পুক্নিংস্থ মথংহৈ।

Action follows thought ; as such one's action speaks and about one's thought.

৭৩

কনা উত্তে হাযদুনা , কনাগুম্বা মীশিংনা ;
অয়ানবা থবক তৌবদি, ঈশ্বর লৈফমদি খংলিব্রা ।

Some people are doing evil things stealthity ,
But does he know where God is ?

৭৪

মহৈ হৈবা মীশিংদি, অতোনবা জাৎতা পোকলবস্থু ,
গুণশিংগী তুংফম ওইবনা, লাইগী মশক অমনি ।

The learned, though born in the society of the low,
Are like Gods as they are the seats of all qualities.

৭৫

পুন্সি লম্বী চৎপদা, ফত্তবা খেংনদনবা হোৎননি ;
অয়ানবা য়াথল লাকপদা, থুনা কোক থাগনি,
ফত্তবা ময়ম নিংফদে ।

We should see that we donot move towards danger in life
When evil thoughts overcome us we ought to throw them off.

৭৬

মাইথোংদা য়েংদুনা খুমপানবা, মখৈদা নরক তাগনি ;
কৈদগী কজবা মশক্তি লশিংনা মহেক্কে খংনরি।
Selection of the life's mate by seeing the face alone often leads one to hell There can be no flower more beautiful than the cotton.

৭৭

ইন্দ্রিয় মনিং তৌহল্লবদি, অরাবা লম্বী চৎলবনি ;
ইন্দ্রিয় খুদুম চল্লবদি, ভাগ্যগী লম্বী চৎলবনি ,
চাওখৎপা নাইরবা লম্বীদু, চৎকদবা অশেংবা লম্বীনি।
Give free play to the senses and you are passing the path of sorrow. Control your senses and pave the path of virtue. Take the path which is progressive.

৭৮

কৎতবা লম্বী চৎলগা খুদোং চারে হায়গুনা ;
খক তৌবা হৌনদে, অরাবা কোক্লাই লাকলবসু ;
ঐগী থম্মোই ইন্দ্রিয়, ঈশ্বরনা চাং যেংলি খন্দুনা ,
অরানবা লম্বী থাগনি।
Donot take the evil path for it is advantageous for the moment Meet the troubles with determination for God is trying your heart Abadon the evi path.

৭৯

ইশাবু ইশানা শকখংনি, ঝৌনম মীনম তৌকদে ;
মঙং অসি শোইরগা, ইশাগী ভাগ্য মাংগনি ।
I must know my own self. This is in my own interest

৮০

তোনাল্লবা অঙাংনা, মানা তোনানবা তৌরিঙৈদা,
মাবু কোল্লিবা অহন্না, খংহৌদনা থুপথ্রবা ;
অচঙ্গুম্ব অঙাংদি, নরকতা হেক্তা মতারে ।
The child which behaves as it likes with the knowledge of it parent is heading for its ruin

৮১

মীওন্দা রা ঙাংবদা, মাইথোং ভঙ্গি খোম্বোকপু ;
কজনা চুম্না ঙাংগনি, মঙং অসি শোইবদা,
মীশ্ম ভাব পৈখিনি ।
Compose yourselves will while speaking to other for men are sensitive

৮২

শক কজনা উনবা, গুণ লৈনা উনবা,
অকবা ফিজোল শেৎচিল্লে, সনা লুপা থোমজিল্লে ;
মীরক তিনবা মতমদা, উতুপ তাবগুম লৈবদি,
বিম্বা লৈতবগী মত্তৌনি ।

Adore well to go for a good looking learned men and sit tight in the assembly of the wise, others will discover you.

৮৩

ঈতুমদগী য়োকললকপা, য়ানা মতম খাংললকপা ,
অরাবা মৈচাক নংলকপা, মশাগী পুক্সি ককলবা ,
অহুগুম্বা লাইগুকদা, চাওরগা মুংশিবা খংদবা ;
অহুগুম্বা মীশক্তি, শাদগী হেন্না তোনবনা ,
মমিং ফাওবা পনফদে ।

Those who donot respected their parents who have suffered without limit for them deserve no mention for they are worse than beasts

৮৪

মীওম্বা মশা য়াক্লবদি, অরামনগী য়া ঙাংনৈ ,
মাঙোম্বা মপা মমানা, চহি কয়া য়ারকপদি ,
পাংসম্রহুনা লৈবদি, লমন নম্বো পোহুনা ,
নরক কুমগে তৌবনি ।

When one does something for others there is bargaining for the price of one's labour. But the fool who is uugrateful to his parents who have suffered untold miseries for him plans to go to hell with a heaving burden of debts to his parents.

৮৫

কনাগুম্বা মীশিংনা, লাইদা লুপা ১ কৎপদা,
লাইগুরুনচিংবা ময়ামগী, শরুক শরুক খাইগ্রগা,
অরোম্বা মাগী শরুকনি।

Offer one rupee to God. You get your share after giving away the shares of your late forefathers.

৮৬

ইচা নিপানা মীচাদি, ওইদনবা হোৎননি,
ইচানা লৈবাক্কী মচাদি, ওইননবা তৌবদা,
মিকুপ অমা থাকদে।

I shall save my son from being owned by somebody else but I shall strive ceaselenly to make my son belong to the nation

৮৭

মতমগী ঋতু খুদিংদগী, পুক্নিং ঋতু খুদিংনা,
রাবা মুংঙাইবা হেনবনা, পুক্নিং মযোন চোংনবা,
হোৎনবদি থাকদে।

The season of mind is more important than the season of nature As such keep the mind ever fresh.

৮৮

বুদ্ধিনা থৌরাং তৌরগা, পুক্নিংনা নিংবা থুংগনি;
থৌরাং য়াওদ্রবা মীশিংনা, নিংবা থুংবা হৌনদে।

Design with wisdom and get the satisfaction of the mind.
No satisfaction awaits those without design.

৮৯

মীওইবগী মপোক্তা পোকলগা, অক কত্ত খংদনা ;
পংচৎ চৎপা তৌরগা, বেদ শাস্ত্রবু থাজরক্তবা ;
অঙ্গুত্তবা মীশকতি, অরাবা নরকতা মতারে।

Having come as a man in this world, if one does not respect the vedas and the scriptures, one is heading for hell

৯০

ধর্ম্ম কায়বা মীশিংগী, ভাগ্যগী মচি মচিদা,
তীন্না চাবত্তম মাংলিবা, ধর্ম্ম কায়বগিনি খন্দেদো,
পাপকী কল্নি নিংদেদো, ঈশ্বরনবু তাকপিরক্কা।

The worm of evil eats into the vitels of the wicend will God come to enlighten them ?

৯১

লনগী চিন্তাদি চমৎকারনি, তাইবং মীগী মওংবু,
কীর কীরবা মওংদা, ওহ্মোক্লা লাইনা শেমত্তমই ;
অসিত্তশ্বা লনশেনবু, লায়না শারবা মহাক্তি,
পংবদ। মপা মরৈত্রে।

The power of wealth is wonderful It can fashion human destıng ın wonderful ways. There can be no man more foolısh than the one who neglects it

৯২

ফুরা শঙ্গাননা থল্লবা, নিংখিজববা লমদমদো,
মতম থরগী মমৈদ', জঙ্গল ওইনম্নু লৈরবা যাই,
পাং জুরেন ওইনস্নু, লৈবগা য়াই,
অরেপ্পা থক ওইফবোই।

The castle sudded area may become a wilderness
Nothıng ıs peımanents

৯৩

মাইথিরগা আশ কাইফদে, মতৌশাগীনি খন্দুনা,
চাওখৎপা খোংথাংগী ফজনা, থাক অমনি খন্দুন,
উপাই নিঙ্গুনা চৎকনি।

Lose no hope after facıng a defeat. Take the defeat as brıllıant slıp to success.

৯৪

প্রকৃতিনা যোনি ওইরগা, ঈশ্বরনা বীজ পিবা ওইহ্রনা,
পোকলরগা জীবদো, সত্ব রজ তমনা, পুন্দুনা হেক্তা মথমই।
God's creatures born ın the womb of Prakritı are bound by the three gunas Satwa, Raja and Tama.

৯৫

খশোইগী লমচৎ ঙকইদা, দুর্বাসা মুনিনা লাইনিংবা ;
চহি কয়া রাহ্রনা, কংবা ঙমদে মবু ংঙা ;
ভীমনা অমুক্তং নিংবদা, হেক্তা মকংই মবুংঙো ।
The power of the heart is wonderful Durbasa after several years of penance did not meet God while Bhima was blessed with dume presence at the slighlist thought

৯৬

থমুংদা খনবা রাখলনা, মপান্দা কাস্তি লিচৎ ফাওবনা,
মীনা মতৌ উবদা, পুক্নিং জাং জাং মাপাকই ।
The thought within is Signalled by the far outside
So people read your thoughts in your face.

৯৭

অঙকপা লাংদা থুরবা, মুঙন মঙন খনবনা ভাওরবা,
লৌনিং চানিংবনা পুক্নিংনু, শুমহৎপ্রব, মীশিংদি.
নরক ভাক্তা ওইখ্রব ।
Those who are in the net of passions and anxieties of the world are going to hell.

৯৮

ক্লমিৎনা নমনা য়াহৌবা, লুংথিল তুহ্নদা হালেংজবা ;
চাবদা আচার নৈত্রবা, মাইবা কনাগী মতিকনো ।

Late risers, day sleepers and careless eaters cannot be helped by doctors.

৯৯

ইন্দ্রিয়ুংদা মোংলগা, ইন্দ্রি কন্তবা মতৌগুম,
পুক্কিং মোংপা মীশিংনা, জীবদা অনাবা পিবদি,
হিদাক চাবনা কোকগুমদে।

The disease of the soul caused by the weakness of the mind cannot be cured by any medicines

১০০

থুংশিবা মমা অশীববু, মচানা অকিবা মপোকই,
থুংশিবা মচা অশীবস্থু, মমানা অকিবা মপোকই,
থুংশিনম্নিবা মশেলদি, জীব মশেল ওইরেদো।

The lifeless body of the mother is feared by the son and so also the lifeless body of a son is feared by the mother. So love is a relation between a soul and a soul.

১০১

অপংবা মীগী খুত্তগী, লৌহনা চাবা পোংশিংদি,
চেকশিনবনা চুমইদো, হক্কোইবনা চুমইদো।

We must be careful while taking food from the hands of fools.

১০২

ম্নাগী কনাম্ন লৈত্রবা, শেলতানবদি কনগ্রবা,
মীগী চাওখৎনবম্ন তৌত্রবা, দান ধর্ম্মদম্ন চংত্রবা,
লিকপনা মশাম্ন য়েংত্রবা, অদুগুম্বা মহাকতো,
সমাজদা অরাবা পিবনি।

The man, who has no relatives, but is earning much without spending for the good of others of for himself is a menace to tLe Society

১০৩

ব্রজ গোপী মযামগা, ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা,
বনদা লিলা শান্নবু, মান্নাগী মাইকৈদা পুবদি,
মপা মচানচিংবা প্রেমদা, নুংশিবা কন্না লৈ খংদবদি,
অমম্বা ইমুংদা ফম্বনি।

To view the sports of Sri Krishna and Shri Radha in the forst as the low kind of love prevailing among mortals is to show ones ignorance of even affection between mother and son.

১০৪

হিদাক কম্না খংবনা, মন্ত্র মন্না হৈবনা,
অনাবদা কৈদৌনি, অনাবা মশকপু খংত্রবদা।

What is the use of knowing many medicines and mantranes unless one can diagnose the disease properly.

১০৫

অচুম্বা হায়রগা নরক তাব', অরানবা হাযরগা মহৈ ফংবা,
থবক খৌওংস্থ লৈবন', অরানবা হায়বস্থ চুম্বা লৈ,
ফত্তববুস্থ ফত্তবনা মককুই।

Speaking the truth some times leads to hell while one is rewarded with heaven taking a lie according to situations.

১০৬

মপাল নাইদবা শংশারদা, পোৎশক অমা উবদা,
মশিনা মহেল্লে হায়রৈগদ, মবো'ন মরোন লৈবনা।

On seeing a thing never say "This is the best" The world is an unknown vast

১০৭

থুনা জ্ঞান যাংশল্লি, খংদকনা হু চাবা,
খংজ'দ হাযবা যাবিরোই।

Understand quickly. Take no poison in haste.

১০৮

ময়াগী সমুদ্রদা নুপকদে, জ্ঞানগী হিদা তোংহ্লনা,
থুনা য়াংনা খৌগানি, মিকুপ ১ পনকদে।

Dive not in to the ocean of ignorance. Take the best of knowledge and more facts.

১০৯

ঙ্গোগদবা থবক খীনগন্নু, বিন্নি কথা লাকনি,
হোরেন হয়েং ঙাইরগা, থবক্তা মাঙ্বা থোকল্লি।

Do not delay in exeenting good plans; handicaps many.

১১০

উপাই লৈতবা মফমদা, থৌন কবা হৌনদে,
থৌনা লৈতবা মফমস্থু, জ্ঞানগী মভাল পিবদি,
পুম্নমক্না নুংঙাইদো।

Show no courage whe e there is no help

১১১

মীনা রাহং তৌবদা ঐনা হেন্না হংগনি,
অঙ্গাং খিরুং খুংগনি।

If people are critical with you, be more critical.

১১২

চৎনবীগী মরু খনবদা, অমৃতগী ইফুৎ মফই,
ইফুৎ কংলবা মীশিংনা থাইনগী অঙল লমনবু
লাইগী মশকনি মথল্লি।

Trace the source of tradition and meet the fountain of the immortality. Those old men who dug the fountain were like Gods.

১১৩

মাঙ্গমা থবক্তি কিনদে, কিরণা অপাংবা পোক্কন্না
অমাংবা হেন্না পোকনি।

Necessity admits no fear.

১১৪

মীকপ মীরাও তারগা, পুক্নিং পাংথন ওনকদে,
ঈশ্বরনা শেম্বা খুদেমদা, অহেনবা হজার হজার লৈ।

One should not be desheartened by others' lamentations. There are many things that can console one

১১৫

লাইনিং লম্বী য়ামথরে, কনাগুম্বা মীশিংনা,
অফবা থবকতা তৌহুনা, পুক্নিং হনবা লৈতনা;
পুক্নি মতোন নোমখিবা, কনগ্রবা লাইনিং অমনি।

There are many roads leading to God Some good souls take the path of good deeds.

১১৬

মপাল নাইদবা য়াথন্দা, কলদি থোইনা কংদবা,
পাংথল থনবা হৌনদে, থবক অমা তৌবদা,
শোয়বা য়াওরিবা মঙদো, অরাংপা লৈহনা তৌবনি।

Fruitless thought ought to be discouraged.

১১৭

ইশাগী অরাবা তাবদা, মীগী অরাবা খোকলগা,
অদুদা নুংঙাইবা পোকপদো, অংতোনবা মীগী খুদমনি,

Bereaved families are consoled when other families are also in the same fate. This is an instance of human weakness.

১১৮

চিন্না ৱাৱী শাবদগী, খুৎনা ৱাৱী শাবনা,
[illegible] লৈতেদো; চিন্না খাঙত্না ঙাঙাইবা,
মীনা যুংশিবা হৌনদে, খীনা খাগত্না ঙাংনবা,
কজবা মথোন কাখৎলি।

It is better to speak through deeds than through words.

১১৯

লৈশাবদা যুঙাইকম লুত্রেদো, যুংঙাইবা হৈবগা যুংঙাইবনি।

The opinions of persons unknown to one must be allowed to float in the air.

১২০

পুক্নিং অকবা হৈগনি, মাবগা হেন্না মাবা মাই,
তোকম খোলকপা শককী, হৌনবী মহৌ পীনগনি।

Avoid worrying for once worried you may be more worried.

১২১

অপংবা মমা মপানা, মচাগী য়েক্লবা ওইগনি;
অঙাংবু কেথোকহনবদি, অঙাংবু মাংনবা শেঙ্গনি,
[illegible] লোককপা মচাদি, হান্নিগী থবকপাও তঙ্গনি।

Foolish parents are enemies to their children.
Indulgence spoils a child.

১২২

মতমগী নুংশিৎ শিৎলকপা, ইশাদসু য়ৈহনব্রি,
নুংশিৎনদি হুমহনলোই।

Feel the wind of time donot allow yourselves to be blown away by it.

১২৩

পংতবু পংলবা মীহূনা য়াম্মোইদবা লৈতে ভাইবংদা,
ধর্ম্মদসু কাইব্রবা, জ্ঞানসু নিংথিনা লৈরবা,
মরূপ অমতং খন্দুনা, চেৎনা লুনা থমগনি।

The world is a pool of sorrows for the ignorant.
Make friends with the wise and the virtuous.

১২৪

হকচাং চাং নাইনা য়ারগা, পুন্সি শাংই মীওইবা,
পুক্নিংদি চাং নাইনা য়ারবসু, পুন্সি তেল্লি মীওইবা।

Regular work makes the body healthy.
Regular anxiety shortens life.

১২৫

কয়া চান্নদবা মীশিংনা, খংচান চান্নরবা চেকসিন্নি,
মাগী কান্নবতা লোগল্লি।

If a stranger befriends you in a hurry,
take care of him.

১২৬

অকবা থবক তৌরম্বা মীশিংদি, হৌজিককাও হিংগুম্
লৈদ্রনা, পীরম্বা বুদ্ধি লৌশিংনা জীববু অরাবা
কন্দুনা, মুংঙাইবা মওং পীবনা, পুম্নদি শরিক য়ানখয়ে।

To be born and not to do anything to make ones life significant in this world is the worst one can have.

১২৭

অপংবদগী ভমগুণ পোক্তুনা, কান্নদবা রাখল খন্দুনা,
অরেম্বা থবক তৌদ্রনা, পুন্সি মতম মাংখোকলে,
পুন্সি লোইরমদাই মতমদা, পাজল লৈরক্তুবা কান্দুদা
খাচিক্তুনা মগুগংলে।

Waste the entire life in useless thoughts. Repent at the last moment.

১২৮

ইনখংলকপা পাখংনা, লম্বী লমশাং চৎপদা ;
পজ্রাক পজ্রাক চৎপদি, মশা কজ্রে মউংলে
চাওখংনবা তৌজ্রে মতাকলে।

It is no sign of blooming youth to be staggering on the road.

১২৯

কোয়ন্থনা মাংহনবা মুংঙাইবা, মুখিল ভুবা মুংঙাইবা,
মখল কয়া কয়াগী, থমলিয়ে ঈশ্বরনা শংশারদা,
মুংঙাইবা লাংয়াম থাক্তুনা. চাওখংকে নিংলিবা মীশিংনা,
লাংয়াম অসিদা থুদনা পুন্সি লম্বী চৎকনি।

God has set a number of pleasure nets on our way to salvation. They are the pleasure of romance, the pleasure of sleeping by day etc. see that you donot fall into these nets.

১৩০

মমাগী সুংশিত্রবা মচাবু, মীনা মূবা চৈবদা,
মমাগী থম্মোই কাম্রবগুম, মরাল লৈত্রবা মীশিংদা,
নমথাক তোম্রনা রাহনবদি, ঈশ্বরগী থম্মোই শোকনি।

Just as a mother is shocked at the beating of her children God's heart is painted if the innocent is punished

১৩১

পোকত্রিবা জীবগী মমাদা, হায় হিংনবা ঈশ্বরনা,
অমৃত চফু শেমদোকই, পোকলগা জীবনা সুংঙাইনা,
মপুক পেম্না চাথোকই, অম্রমা জীবন পরেংদা;
ঈশ্বরনা লোঈনা শেমথরে, মথুং মথুত্তদি পিবিদে।

Before the arrival of the body, God sends pots of neetar through the mother.

১৩২

অরাবা থোকলবা মতমদা, মরুপসু মশক খঙেকই,
মুপীগী পুকচেলসু উবকই।

The loyalty of a friend and the wife is tested at the instance of a crisis.

১৩৩

মুখশিবা মচা মচুবু, মহৈ মশিং তমহল্লগা
লৌ ইংখোল থনবা, শনা লুপা থনবা,
মিৎনা কুপ্পদা মাংবা য়াই, মহৈ ওনসন্দুনা থমলগা
মশাদা খোৎ খোৎপা ময়াওরে, মপান্দা থনবা
পোৎশিংদি, মাগী অরেপ্পা ওইকদে।

Leave knowledge and wisdom for the children rather than land gold which are perishable.

১৩৪

কৃষ্ণনা নায়বা মতমদা, খুয়া উমুল পামলবদা,
দেব সন্তানা পিওমজ্রবদা ; গোপীতনা পিহুনা
কৃষ্ণগী অনাবা কোকপবু, গোপীগী লাইনিংনা হেনগ্রেদো।

Srı Krishna in his ıllness was ın need of dust from some body's feet No saints could offer it The Gopıs readily offered None excelled the Gopis in theır love for Sri Krishna.

১৩৫

চাওখৎনবা লখী থিবদা, হিংসা য়াওরবা থবকতো,
লাইবক থীনবা মওইরে, দোষ লৈরবা মীশিংমু,
অয়াবা কয়া ফংবদা, কনাদসু শাওরুদে।

Violence is a stranger to the path of prosperity. One should make proper use of the passions of the mind. Misuse the passions and mock death.

১৩৬

তাইবং মালং পানবসে মঙগী থোরম ওইবনি
থোইমুম মাগী কুপ্মেগী চিঙঙু, খুৎসেম ওইবনি
পোকপা শিবা অনিনা মাগী কুম্মৈ ওইবনি
অয়ো নাহে ভমলগা তৌরাং ফকতা ওল্লকই
মোলাং খাদা থারগা লাইরেন কোনগোন মাতারৈ,
উনা উনা উখিদে খংনা খংনা কৌরমদে।

The world is like a dream
This is a divine creation.
Birth and death are its two shows
When doath comes nearer one befriend the mat
The pillow is the only support then.
The seeing eyes donot see, the talking pips donot talk
Such is the end of our worldly life.

লোইরবা।